অহানবা ফোঙবা

জানুয়ারী, ১৯৯২




ফোঙবা ঃ

অইবা মশা

উরিপোক্ অচোম্ লৈকাই, ইম্ফাল



নম্ফম ঃ

কৌনু প্রিন্টিং প্রেস

উরিপোক, নাওরেমথোং ইম্ফাল

মখুম য়েকপা ঃ

অইব মশা

উনম শাবা ঃ

এনঃ মঙ্গি সিংহ এন্দ সন্স

কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

ফংফমথোকপা খুদিংমক অইবগী ওইগনি।

মমল লুপা কুন প্রক্তং

থঙ্ বিদ্রবা, মুংশিবীদ্রবা
তুকংচন্নবা, তোল্লবা
থন্নায়শিং অদুদা—

let the cry rise
let the tear fall
let the heart break
let the soul groan
but,
let me sing the song of victory.

শৈরেং মমিংশিং

. শৈরেং মমিংশিং

মরুম প্রঙদবা

ঙাম্বক অহুদা লৈনা কারিবা
মৈথ্ অহু থনুংঙৗনা চিংশিল্লগা
অয়োবা রাখল অমা
মকোক্ তাংবা নিপাহুনা থনথি,
লৈপাকসি অমুক্তং চাউখৎহনগে।
থবক্ ফঙদবৈ রাথোক্
লম্ লৈতবৈ অরাবা
পোৎকী মমল
ওঝাগী তলব।
মৈগী ফিভম্, ঈশিং-মুংশিং
লম্বী-থোং।

ঙাইবনবু কল্লবদি
য়েংবনবু লেপত্রগদি
কৈনোমদি উরগনি
নিংথৌ ঈ অশেংবা
চৌকি মথোং অরিংবা।

## থৌদোক-থাথোক

ইনথংলক্‌পদা ঙায়রিবা লৈশাবী'মা
মরৈ মরৈ তারবা পাখঙ-অমগা
অকনবা শাফু অমদা থেংজিন্নৈ।
উহৌবা পাখঙ্ ময়াম্
লৈশাবীতুই মিচংদা লেপখি
নিপাতু থুংফুথিনা ফুজিনখি।

মউল খুইরবা অহল'মা
মাইথক্‌পী লৈশাবী অমনা
অকনবা শাফু অমদা থেংজিনখি।
উহৌবা পাখঙ ময়াম
লৈশাবী তন্না চেনশিনখি
"করিস্নু শোক্কেকো" হংবিখি।

চঙথোল্লবী লৈশাবী অনিথক্
মমিং-মনা থকৃলিডৈ
অকনবা শাফু অমদা থেংগাইনৈ।
উহৌবা অহল থরনা
থিক্-থিক্ নোকৃলকই
চিন্দা শোনখি, "হরে কৃষ্ণ।"

## অঙকপা খুদম !

পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং'মা
থোং মথাদা লংথোকলমলে !
লৈশাবী ফজবী অমা
হন্নুবা অমদা চেনথোক্খ্রে !
কলেজ কারক্পী লুপীমচা'মা
পাখঙ থরনা ফাবিরে !
মপুরোইবা লৈবী মৌনহা অমা
নিপা অমগা ঙাংনরমলে !
লমচৎ নাইরমদবী অনিথক্
মীমাং থোক্না খোঙগোয়নখরে !

## হিগায়রবা

য়ুমলোন্নবগা য়ুমলোন্নবগা থংনবদা,
য়ুমলোন্নবা ময়াম্না শম্বল মরুমদা য়েংঙি।
য়ুমলোন্নবদা য়ুমলোন্নবনা পাউ তম্মী,
য়ুমলোন্নবগা য়ুমলোন্নবগা হুংশিনহন্দে।
য়ুমলোন্নবগী অঙাংশিংদি শান্নমিন্নৈ।

## "হিংবগী ময়মল"

গুদাউন মমুংগী শেম্রাং লাবাহুনা
মখৌপোংনা অমোমদা হায়খি,
"লৈপাকসিগী পোংথোক্
লমদমসিগী মহৈ-মরোং
ঐহাক্কী ঙাক্তুনি।"

য়াংলেন শরু কোনবথৈ
গুজ-নোমজরিবা অহল অতুনা
তিং-শোক্পমথৈ শাউখি
মথুৎ চুমবা অঙাংগী
লৈতান্না তাবা শাইরোং মরু
নখোয় অমুক্তংদি খঙগনিদনা।

## কেলি পাম্বীত্তুনা তুখিবদা

কেলি পাম্বীত্তুনা তুখিবদা
পোংফম অত্তুস্তু লৈখিদ্রে,
পোংফম অত্তু লৈত্রবনিনা
মীরেম মরাম অত্তুস্তু লাকখিদ্রে।
মীরেমশিং অত্তু লাকত্রবনিনা
ব্বারেম অমত্তা ঙাংনখিদ্রে,
ব্বারেম অমত্তা ঙাংনদ্রবনিনা
সিফাই অমত্তা লাকখিদ্রে।
সিফাই লাকত্রবনিনা মফমত্তু
উন-ব্বাইমুক চীকখ্রে।

## এগজ্জুগেটিব মিটিং

ইকায় খুম্নজরব। পদ্মশ্রীনা
ময়াইতাংবল লৌবিগ্রবনিনা
ওসিগী এগজুগেটিব মিটিং হৌজরি।
ওসিগী মিফমসিদ। খন্নগদবা হীরমদি
থবক্ তৌগদবা মীওই খনবা
শেল-থুমগী ফিভম অসিনচিংবা।
খন্নবা হৌগৎলকপদা
নিপা অমনা মরি লৈন্দবা
য়াফম অমা থাংগৎলকই
অমনা হায়রকই চা থক্লবা তৌসি
নীপা অমনা সহি খোমগৎলকই
কাচিন্দা ফমলিবা মেম্বর অমনা
সহি খোমলিবা নিপাছুদা হায়রকই,
"মিটিং লোয়গদবা কয়াম য়াংলিগে?'

## ম্নীরা

লম্পাক্তা ফমলিবীশিংত্না ঙাংনৈ,
মৌত্ন মশক ফজৈ।
অমনা হায়রকই মশম্ তেল্লি।
অউনপোং য়াম্মী। হৈজিংপোং ফজৈ।
নৈশাবী হায়ফেং লিবিত্না
ময়াম্মা ঙাংনবত্ন তারগা
ইংনা অরোয়বদা থুমলকই,
মনেমবোক্তুদি ফংখিদ্রেদা
মনেমবোক্তুগা লৈমিন্নদৌ শরুক
য়ুম পান্দনা'স্নুম লৈজগে।

৯ থোং মথোনবী

## নৈবাক অসিদা

চীংলোন মাপল থ্না ওাংলক্লে
অপুনবা খোনজেননা লাউরকলে
চৎনবী অস্নুমক মাঙশিল্লকলে
লোক্তাকতা উচেক চাকতারদ্রে
কংলা শুরুং ফুনজিল্লকলে
নমবুল ইচেল ফৎলকত্রে
ক্বাক্লা ওাম্নু চেনখ্রিদ্রে, চরোইগম্নু খৎনখিদ্রে।
থরোই নীংথাবী তাংলকলে
নাউসেক চাবদা শারকতরে
লাইরেল মতুংদা ওাইল্লদরে
অথঙ-অহৈ পণ্ডিতশিংতদি
য়েৎনবা লোইদ্রি ওসিফাওবা।

## শুমাং লিলা

“মৈতৈ লৈমা ইমাগী নিংথৈ শোল্লসে”
ময়াম—“শোল্লসে”
তৎ-তৎ-তৎ। ধোং-ধোং-ধোং……
লিলা হৌখিবা ঙাইহাক অতুদি
ময়াম লাওবা লোইদ্রি
খা-রাং নাকন্দগী
মোবা পায়বা, চৌকি পায়বা
লৈশাবী মৌনহা চঙলকপা লেপ্‌তে।

পুংখোল তারবা কান্দা
লিলা য়েংবা চৎপা
ফমফম মুন্নবগী ইন্নবা হৈনবীনি
মমাং ফম্বা অঙাংশিংনা
মপান থোকপা ময়ায়ফাওনা চেনবা
মসিনা শুমাং লিলাগী লৈতেংনি।

লিলা মমিং লাওথোকপা
কনানা ইবা, করম্বা কাংবুনা শান্নবনো হায়বগু
লাংমনখিবনা তাবা ফঙখিদে।
তিল্লিবা মীয়ামসু মতাং অতুমদি
পুল্লিং থোইনা চঙনখিদে।
হেরোইন থোকলকপা অতুদদি
অস। ইস।

## ১১ থোং নম্বোনবী

ময়াম তুমিন লৈনৈ
মুপানা শাবা মুপীনি হায়বসি
মীপুম খুদিং কাওনবগুম তৌই ।
হেরোতুনা তপ্না চণ্ডশিন্দুনা
মুপীতুগী নাদা লৈ নাচোম থেংখিবতু
মৌ-নহাশিং অতুনা লেং ইম্নতুনা
কন্না থরায় তানা নোকচখি ।
মুংশি-মুংওনগী ডাইলোগ
ঔরাই-অথুম তৌনা ভাংনরকপা মতাংতুদা
মাইক য়াদবা হৌরকখি
চি-ক্রেক-চিং-চিং ..... ।
মথৌনা লৈরবা পাখণ্ড অমনা
থৌনা ফনা লাওরকখি,
"মাইক অতু লণ্ডথোকখ্রো, ঈশিংদা থাদখ্রো"
মথরায় রারবা ওপবেটরতু
হুমাং তাবমখৈ রানা শেম্জখি ।
চরাংনবা অতু লেপ্পবা
লিলা য়াওবতুনা ধোলোক য়ৈরকখি
ধং-ধং......
মুংঙাইনা মমাগী তম্পাক্তা তুমজরিবা
অঙাংমচা অমথক খণ্ডলতুনা কপলকখি ।
মচাগী অপাম্বা খণ্ডদবা মমাতুনা
ফিরুক খুমজিনবীতুনা নমতুনা তুমহনখি ।

মচুম তানা কেরবা মৌনহাত্নুনা
ক্বা ঙাংশং-ঙাংনা চারগা
মমাং ফমত্নুনা লিলা য়েংলি ।
মনপ্‌না চিনবান য়ৌনা চেম্থরবা
হুমাংনা লুপলবা নিপামচা অমনা
উবোই-উদবোই মৌনহাত্নুগী মরুমদা
মঙ্‌ক লিংশিন্দুনা য়েংজরি ।
লিলানা মীয়ামদা হায়নিংলিবা
আর্ট এক্তিংগী ব্রা খঙনদে
ইমপ্রোভাইজেসন মাইমগী ব্রা য়েংনদে
মীনা কপ্পদা কপনৈ
মীনা নোকপদা নোকনৈ
হিরমসিদা খঙলবা ইন্টেলেকচুয়েলশিংদি
ঙমাং চত্তুনা লিলা য়েংনদে
মচা মমৌ থাদোকলকলগা
য়ুম শঙহৌবনা অয়াম্বনি ।
"ঐখোয়গী কলচর জগোয়-ঈশৈ, লিল। ফলা
অরাংবা থাকী কলানি"
ওজা গুরুশিংনা হায়নবি
অত্থবু ঙমাং লিলাদি, লৈশা পাখং চাকচান্নবা
য়াওশংগী কুম্মৈ ওইত্নুনা লৈরি ।

# থোং নম্ববোনবী

লৈমা নিংথৌ পাল্লিবৈ
মমা শিজনা লৈশারিবৈ
কুমলংনা নাদা চিল্লিবৈ
মতম অমদি মোমোন নোকচরম্মী থোং নম্বোনবী।
ফৌ শঙবায়দা শিকি পিরিবৈ
লৌ পরি অমগা শরেং অমগা ওন্নবা য়াবৈ
অঙম্-অথৌ নিংথৌরেল কয়া থেংনরক্লবা
হৌন লোনচং থৌগল্লোন খঙলবা থোং নমবোনবীনি
লৈমা নিংথৌ পাল্লিবৈ
য়েংশিনবীরম্মি থোং নম্বোনবী
গোবিন্দগী থৌগল ফঙজরম্মী,
সনা কোন্নুং কাহ্নুনা
খুবাক ঈশৈ য়াওজরম্মী
কাং শান্নবা, লিকোল শান্নবা
নীংঙোল পালি লুচিংবীনি ময়ামগী।
ফিভম শকওং ফজবা
তিংদা-য়াংদা চুম্নবা
খ্বাইপুম্নমক্কী মীতানবম্বী মহাকসে
ঙসিদি মউল খুইরে, মঙৈ নীকলে
অহল ওইরে হন্নুরে হায়হ্নুনা
মচা-মশু কনানা মরা লোবিখিদরে

চহি য়ামলে হায়দুনা
শিজখিবা য়ারে খন্দুনা
শোঞ্জরবা থোং নমবোনবীসে
হুন্দোক্লুনা থম্বীরে লায়েংবীদ্রে থৌশাদ্রে ।

হেদো নাহে চন,
তৌরাংফক্তা ওন্দুনা
মতম কুইনা নারক্লবা
পৎথ-পুমথরবা হকচাংদা
শোকনিংদরে কনানা
অদুবু,
থম্মোয়শোক্লা কপচবি থোং নমবোনবী
হিংজনিংলি মশুশিংগা লোয়ননা
খ্বাইরম্বন কৈথেন কাদুনা
মশুশিংগী ওমমোক্ লৈবানিংলি
ওসিদি শোনজিল্লবা মহাকসে
কুচু কুমেন ওনশিল্লকলে
তুমখ্রবদি হৌগৎলরোই
অরোয়বা নীংসা হোনদ্রিবৈ
চানিংবা য়েন্সাং পীজদুনা
কনখৎপা ওমব্রা য়েংহৌসি
থোং নমবোনবী মহাক্লা তুথরদি
ফমমেল ফমজাউ হাংলনি
ইতা থাউমৈগী ব্রারী তাররোই

লৌশিংগী ৱারীস্নু লিরৱোই।
নমবোনবী মহাকনা তুথদ্রিবৈঙে
থৌগল্লোন কয়া তমহৌসি
মুপীলানগী ৱাবী তাহৌসি
লাও কংলৈ নহারোলশা
ঈশাগী অঙাংবা ঈ পীতুনা
থোং নমবোনবী মহাকপু
কনবা ঙমনবা হোৎনহৌসি

## অম্বাংবা থ্রা

মওদা নত্তবা, অকিব, তুকৎচবা উবদি
মকু মওনি কম্থোকই।
অঙৌবা ঙা উবা, অঙম্বা কাবা
পৈশা ফংগনি অফবা মওনি ওম্ভা হৌগৎনৈ।
ঐগ্যা য়াইমনা থবক্ চিনবা অওক্পনি
য়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈবা শওজদে
লুহোংবা, না-হুৎপা, লুকুন থাংবা য়ুম শঙ্গাবা
ঐগ্যা য়াইমনা অবাংফম য়াউদবা লৈতে
থৌদোক-ব্রাথোক্, দেব-কর্ম্ম
পৈশা য়াম্না ফংভি
তাবা চৎপি, কুন চৎপি
ফুবিৎখাওদা থন্না হাপ্না ওমজে।
মশা নাল্লি, তৌথোক্লকপা থবক মচু-তাই
থাগৎপদা খমথেংনা হরাউজে।
মচাসু ফনা য়াম্মী
লোয়নমক্ মহৈ তম্হল্লি
থৌবানিতুসু ফনা হৈ-শিংভি
ঐগ্যা য়াইমানা পুশিল্লকপা শেল
থৌরানিনা চন্নাইবা ঙাক্তনি।
হিংনবগীদমক্ চৎলিবা মতমগী খোংথাংলক্তা
মহৌশাগী ওইরকলিবা খোঙচৎসু অওক্পনি
ঐগ্যা য়াইমা মশা শোন্থৈ

১৭ থোং নম্বোনবী

ঙৌরোক ঙৌরম্বা কুচুদো
অঙাংবা হায়ফেৎ লৈশিল্লকই
ব্রা কয়া ঙাংনিংদে
থব্রাই ব্রাজরবী থৌরানিনা পাউহংজরকই
"ঐগ্যা হকচাং কৈদৌরবগে ?"
খ্রুক্-খ্রুক্ কংলবা চিম্বান্দু
হায়ফেৎ কাথোক্লগা হায়রকই,
"হন্দক্কি থাসি কুম কাংঙি, মন মাস লৈ
অমাংবা থানি, নাহুৎ-নারেং
লুহোং-কৈহোংবা, শঙ্গা-খোগাবা তৌনবোই।"
থা মাংলবসু চাদবদি য়াদে
মচাশিংগী খবচ তানবদি লেপ্তে।
ঐগ্যা য়াইমা ব্রাখল পুংমম্ মন্মী
শাংলবা থা পৈশা থোক্তনা লৈবা
মচাশিংগী তাল্লিবা দিমান্দসু
থাসিগী মনুংদনি।

ফিরোল নাননা শেৎচবম্বতু
মচু থোকখিদরে ঐগ্যা য়াইমা
কুইনা ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎলি
ফক্লাং কেলেঙুর য়েংঙি, খোঞ্জেল থোক্লা
শাণ্ডরংননা হায়রকই, 'অমাঙবা থা'—।

## শেঙদোকচবা অম্মা

ঐহাক মতম অমদি
অচুম্বা চৎলম্মী
মীয়ামগী য়াইফনবা খঞ্জরম্মী
মান্ননা হিংমিন্নবা খেন্নবা লৈতবা
মুংঙাইরবা পুন্সি অমা ওইহন্নীংলম্মী।
অদুবু,
কান্নবা ফংদবা ওইজবা শিংপনা
মীগী মাঙনবা শীনজরে
ওইদবা নমথাক্লা হিংনবা হোৎনজরে।
মীনুংশি খণ্ডদবা, য়ৈথায়বা থিনগায়বা
তোল্লবশিংবু মী ওইনা উদবা
মফম্সিনা মতমসিনা ঐসু ভমজরে
মসি ওইরমালে ডেমোক্রেসি
অদু-অদা খণ্ডদে ঐ হিংদবা য়াদে
ইচা শেমদবা য়াদে।

## ১৯ থোং নম্বোনবী

### " ঐ ছিংনিংলি "

ঐহাক পোকলকপদা মীনি
হংঙা হায়না কপ্খিবা
পীথাই খোংদাইবীনা লরুবদা
থিক-থিক নোকচখিবা
ছিক-ছিক কপ্চখিবা।
পোকলকপদা ঐস্লু কর্ণগুম্না
কবচ নায়িন য়াওরকত্রগস্লু
মৈতৈগী লিংজেল অমদি লোয়নবকখিবনি।

ঙসিদি,
ঈশা ইবোমদোম্ চৎচবা ঙমলবা
ইমিৎনা অমম্ অঙান উরবা
অকুম-অয়াং খঙলবা মতমসিদা
হেল্লোইনা পুকবা মীগুম্না
তুফক্-তুফাই চল্লক্লে
হকচাংসে পুংপং পংথরে
কয়াৎ খুদিং শিথরকলে
মঙলাক্নবা অমগুম্না
খোনজেল থোকপা ঙমলকত্রে
ব্রাখলনা নীংলিবা
থৌনা লৈনা পাঙথোকচবা ঙমজদরে।

লমদমসিদা
অখণ্ড-অহৈশিংনা থাংলিবা খোংথাং
অঙম্বশিংগী চয়েৎনবা লৈঙাক-পথাপ্
ওইদবা অচুম্বা খনদোকফম্ খণ্ডব্রা মরকসিদা
ঐগী পুন্সিগী মমল করিনো খণ্ড্রি।

মীনা তৌবা থবক্তা শীংথানদবা
মশানা তৌরকান্দা তুমিন্না মরৈবা
অমগা অমগা হুম্নবগী লৈতুন্না পান্নদ্রবা
নং শিয়্ ঐহাক হিংগে হায়বগী
লাইশোল ঈশৈ শকচরিবা
মরেপকা-মঙালগা য়েংনবদা
মরেপনা য়াংলবা
মশক মান্নদবা ময়াম মরক অত্তুদা
ঐনা তৌগদবসি করিনো খণ্ড্রি।
হা উরোক নমাংস্থু লাং নতুংস্থু তেন
করম্বা লমবেলদনো মমা মপা লৈনা লৈনা
লমজাশারা ওইরবা মচাশিং অসিনা
মনিং তমনা হাইনা হুমনা চৎচগদবা।
চহি তরেৎ খুন্তাকখিবদগী
লৈপাকসিগী পোৎশক ময়েক শেঙদ্রে
মশক মান্নদবা মচা ময়ান্না
অহল-লমন্না থম্বীরম্বা

## ২১ থোং নম্বোনবী

মমল য়ামলবা লন-থুম কয়া
মচেং মচেং য়েম্বোকপা হৌরক্লে
কাওলুপ কাওলুপ নাইনহুনা
নীংথৌ খুন্ডম মুন্নবা হৌরক্লে।
থম্মোয়না লেপচবা
অকুম-অয়াং, অফ-ফত্তবা
ইনিং তমনা থওজবা ওমজবা
অসেংবা মুংশিং ফংবা ওমগদবা
লৈতেম মান্নবা মফম অমা
লমদম কৈদা লৈরমগদগে।
অশেংবা মফম অত্তুদা
পুন্সি অসে কংথোকলগে নীংলে।
নংত্রবদি
লেমহৌরিবা থর অসিন্তু
সনরেম্বী ইমাদি চরম য়ৌরকলে
থবাক অসে ফুনজিনরলে হায়বগুম
অরেং অরেং পুংথখিহুনা
হিংবা ওম্বগী ব্রাংমদা
তন্দনগুম্ মণ্ডাল য়াওদনা
অসুম লোয়বদা তাখ্রগনি
ঐ হিংনিংলি,
খ্বাইগী লৈপাক মীয়ামগী;
ঐহাকনা ওমজবা কান্নবা থরদি তৌনিংলি।

## খ্বাত্তিনগী কাংশি

( সোভিয়েটকী খাত্তিন থুঙ্গং উরুবদা নীংশিংবা )

নাজিজ কাংবুনা নৈথাইবীব্রবা
তুমনা মৈ থাদোকপীখ্রবা
শুপ্পতংগী য়ুম কুনতরুক্ তারম্বা
খাত্তিনগী থুঙ্গং অদুদা
ইমিৎশিনা উরকই
নাকোংসিনা তারকই

মোংফম্ ওইহৌরবা খুন্তাক লানশিরবা
মিকপ্ মীরাউখোল, খাংবা ঙমদবাগী চৈনাখোল কয়া
পুংজা খুদিংগী য়ুমফমশিং অদুদগী য়ৈরকপা
কাংশিগী খোনজেল তারগা
অকি-তুজুংবা ফাউরকই

থৌদোক্শিংহু নীংশিংহল্লি
১৯৪২, মার্চকী তাং ২২
অঙনবা অয়ুক্কী মতমদা
মীমুংশি লৈতনা
হিংনা হিংনা মৈ থাবীখ্রবা
মুপী অঙাং, অশোল অনা কয়া
অমুকস্থ কাপ্শিনবিথিব মশিং খঙদবা মেচিনগল্লা।

অহুবু,

অহুবু মালংদা তিলহৌখি
থরায়গী নাহেখোনজেলশিংদি,
চাকপা ঙমখিদে থম্মোয়গী তেংথাখোন্দি মৈরি অহুনা
তমখিরবা খৌদোক্শিংহু মমিংমক্না উখিবনি
চহি ১৩ তমক্ শুরিবা য়াসকেভিস মাদি
অহল ওইরবা য়োসিফ কামিন্সকি
হিংহৌখি কি-তুজুংলবা খৌদোক অহুদৈ
মশা পুম্বা মৈনা পুমচাক চাকলবা
খাঙবদা রারবা পাঙ্গল য়াওদ্রবা মপামবোম্ অহুনা
পমখৎপিখি পীকলিবা মচা অদাসিকপূ।

মমাং মক্তা নাজিজ কাংবু অহুনা
নোংমৈনা মশিং খঙদনা কাপশিনবীববা
থরায় য়াওদ্রবা অদাসিক্কী হকচাংনা
প্রদ্রাক তানা তুমলি কামিন্সকি মতম্বাক্তা।

ঙসিদি
উৎ ওনখ্রবা যুমফমশিং অহুদগী খিংলকপা
কাংশিশিংহুগী খোনজেল অহুনা
খুঙ্গং অহুবু নিলহল্লি।
নত্তে অচম্বা কাংশিগী খোনজেল
হিংনা হিংনা লোইশিনবীখ্রবা
মখোয়শিংহুগী থরায়গী তেঙথাখোলনি

মখোয়না ওসিগী মীরোন অসিদা
থম্মোয় শোক্লা পাউদমলি—
মীওইনবু মুংশিবীযু, নীংশিংবীয়ু
ঐখোয়না পুন্সিবু মুংশিজৈ
ইমালৈবাকপুন্থ মুংশিজৈ
অহুবু,
ঐখোয়দি হিংনা মৈ চাকলে
মুংভাইতবগী অন্নাব ব্রাকৎ অসিনা
থোনা লাকপা ওইরসমু
থোনা অত্নুনা ওসিগী মালেমসিদা
মতম পুম্বগী ওইনা
অচিকপা অইংবা পীরসনু
মসিনা পুন্সিবু কৈদোঔৈদা
অশাবা মৈশানা চাকথেকহনবা ওমলরোই।

## শাম্মু মখোং

শোক তারিখ থাদে
কনানা করিগী মরি-মখোং হংনদে
শাম্ মখোং হায়রগা মীয়াম্না খঙনৈ।
অকুনবা শামুগী নাকন্দা
য়েংঙইননা নিপা অমনা
কাননবা মওংদা লেপ্লি।
কৈথেল কাবি ইমা-ইবেলশিংনা
হায়নৈ-শোম্নৈ-ঙাংনৈ
অঙাংবা তেখাওগী শামুবু
ভৈগ্যচন্দ্রা নিংথৌনা ফাখিবা
নীংশিংহুনা শাবা শক্তম্নি।
কদায়কাওবা চুমলিবা লাল্লিবা
হংকম লৈতে, লৈরগসু মরিক চুমদে
মরি লৈনবা মিং তমত্তসু মনাক অত্নুদা
থেংপা নত্রগা থাবা ইমিংসিনা উখিদ্রি।
থেংনবা, উরুবা থরদি লৈরি
শামুগী নঙ্গন্দা লাইবক্তা
ভোটকী, মিটিংগী অপাকপা চে নপ্শিনবা।
মচু থোকত্রবা অমোংপা ফি শেংলবা থবকগুবাশিংনা
নেকপা লাকপা উনবা মফম্
লমচং নাইদবা নিপা-নিপী উন্নফম, খোংগোয়নফম্

চরুগী মোমপাক য়োনফম,
পোংলক্লা চওখিবা ওফিসারগী
গাড়ি থাম্‌ফম্, বোল অকাম্বী য়োনফম
ঙাইনসি উন্নসি শামুমথোং
অঙাওবা লৈফম শামুম্নথোং
গাড়ি থেংগাইনফম শামুমথোং
মসিনি ইম্ফাল ময়াইদা লৈরিবা
নুঙগী শক্তম শামুমথোংগী ফিভম।
ঐথোয়গী লাইরিক হৈরবা মীয়াম্না
রাখল অস্তুক লৈত্রিবা
হৌনবা অস্তুক খংদ্রিবা
মমল লৈরবা শক্তম অসিবু
মশক অস্তুক থিহল্লিবা
ফিভম অস্তুক কায়হল্লিবা
করিগীদমক্‌নো হংনিংঙি।

লৈরিবগে অসিগুম্বা শক্তম্ কয়া
লৈপাক অসিগী করম্বা মফমশিংদা ?
মপু পান্দবনা যন চওবনি।
যন্নবু রাখল খনবা ওম্বরা
অতুমক্‌পু তাক্‌পিরবদি মথোয়স্তু
তম্বীরগদি পুন্নমক্ হৈবা ঙাক্তনি।
অতুদি লাল্লিবসি কনানো ?
রাহং অসি হংগদবস্তু কনাদনো ?

মসিমন্থু লুরিবা রাকমনি।
অনাবা অসিনা ফিভম অসি য়ৌরকাওবদা
শামুমখোংদি তুমিন্না খিন্দুনা লৈরি
মখল কয়াগী পোৎথরগী ফুরিং লিত্তুনা
লৈপাক কনগনি লাউরিবা মখোয়নস্থু
য়েংলগা অত্তুম চংখি
শামুমখোং, কৈথেলগী শামুমখোং।

## মসিবু হৌনবিরা ?

মীনা শাউরগা শুকতোক্লিবা,
মুংঙাইরগা মোমোন নোক্লিবা;
মারগা কপ্লিবা মসিবু হৌনবিরা ?

অচুদি করিগীনো ?
মনাইনা তৌরাংফক্তা ওল্লগা
মপুনা ফামেন্দা ঙাম্ভোইরিবা
মসিনা করম্বা চৎনবিনো ?

মীগা মীগা খেন্নবা করিনো
হৌরকফম্নরা ? ফম্থোন্নরা ?
অঙানবদা মিৎ উদ্রবা
অমম্বদা হৈনরবা,
মৈগী মৈশাদা শাবা ফাউদ্রবা
করমবা মখলগী থরায় পান্নবনো ?
চৎনবিসু চৎনদ্রবা
চৎনদবচুসু চৎনরবা
মসিবু হৌনবিরা ?

## ছুম্নরগদি মৈত্রুম ব্রাত্তে।

মীগী মশিংস্নু অস্নুম হেনগৎলকলি
য়াইফ য়ুম্বালগী থবকৃস্নু চংথরি
মীকোক থীবস্নু লেপাতে।
হিংবদা চঙদবা য়াদবা পোৎলমশিং
মমল ব্রাতোন য়ৌনরকৃলি।
নীঙাইচাউবা মচানা মমাদা হংজবগুম্
চরি তৎলবা ময়াম্না হংলি
মীওইবা নং কবিগী শোম্থরিবনো ?
থব্রায়না থুংলকই শোম্থাংননা
পোৎ তাঙবননি।
পোৎ নঙদি কবিগী তাঙলিবনো ?
শিনবা কোন্নদবননি।
শিনবা নংদি কবিগী কোন্নদবগে ?
শেল ফংদবননি।
শেল নংদি করিগী ফংদ্রিবনো ?
থবক ফংদবননি।
থবক্ নংনা করিগী ফংদ্রিবনো ?
শেল পীজদবননি।
শেল নংনা করিগী পীজদ্রিবনো ?
পৈশা পায়দবননি।
পৈশা নংনা করিগী পায়দ্রিবনো ?

থবক্ শুনিংদবননি।
থবক নংনা করিগী শুনিংদ্রিবনো ?
তনবা হায়বত্নননি।
তনবা নওদি করিগী তল্লিবনো ?
মুংঙাইবা পাম্বননি
মুংঙাইবা নংনা করিগী পামম্লিবা ?
শিগদবা পুন্সিননি।
হুন্নরি মখৈ লৈতুম্ ব্রাংলোই
লৈতুম ব্রাংত্রগদি অতুম হুন্নরনি
হুন্নরগদি অমদি শোয়দনা পানখিগনি।

## চয়েংনবা অমা

ফজবা হায়বা পোৎসিনা
নকশিল্লগা অম্সুক থীবিবা
মনম্ নুংশিবা পোৎনা
নক্শিল্লগা অম্সুক য়াকলিবা কবিগীনো ?
লাপ্লরগা নুংশিবা হেল্লিবা
লৈমিন্নরগা অম্সুক্ শাওনরিবা
উন্নদ্রগা লৈভমদবা পোক্লিবা
উন্নরগা অম্সুক্ খোয়রাংলিবা
থম্মোয় অনিগী নক্নবা মরিনা করিনো ?
লৌশিনবা হৈতবা
শিজিন্নফম্ খঙদবনা
অরানবা ওইরম্বস্থ য়াই ।
হংফমস্থ লৈতবা
তম্লুফমস্থ খঙদবা
উৎকে হায়বস্থ য়েংবিনবা লৈতবা
তাককে হায়বস্থ লৌবিনা লৈতবা
কদোমদনো থাংগদৌরিবা খোংথাংসিবু
ফংনবা তানবদা ব্লারিবা
ফংলগা মাঁরাইরিবা
অনৌবা উবিমথৈ পামলিবসিনা করিগীনো
পুক্লিংনা নীংলকপদা
রাখলনা খল্লগা

ব্রাহৈনা ফোংদোক্পদা
ব্রাঙাং হৈত্রগা চৈবা শকলিবা
লাম্না লৌনবগী মলোম্ থম্নরিবা
চয়েৎনবসি কনাদা তাইনকনি।

## লাই হরাউবা

লাইনিংথৌ লাইরেম্বী মনাইশা।
ময়াম—হাউ।
খুঙ্গাউনবা-লৈচাউনবা,
মীহাৎ-মীপুন্ থোক্তনবা,
নুপী ফাবা, নমজা নমথেক্লবা,
তুরোনবা-রারোনবা,
সরকার ফম্বী চেৎনবা,
প্রেসিদেন্ট রুল লাক্তনবা,
মনিপুর বন্দ কৌদনবা,
এদস মহীক শন্দোক্তনবা,
ময়াম পুন্না থৌনিরসে।
ময়াম—থৌনিরসে।

## থব্লায়গী তেঙ্‌থাথোল্ল

অশিবা থব্লায়শিংনা
অহিংবা থব্লায়শিংবু উরগা নোক্করি ।
চিন্দা পুবা রা ভাংলগা
মরৈবাক্ নীংবনি হায়রিবা মথোয়বু,
লৈপাক্কীদমক্ কৎথোক্লবা থব্লায়শিংতুনা
মোংফমথক্তা তেঙথাররি ।

## মণিপুর বন্দ

নীংবা থুংদবা, পেন্দবা,
অল্লাৎপা উরকপা,
অশোয়বা খঙ্‌লকপদগী
উচি মচা ময়াম অমনা
পুং ২৪গী বন্দ কৌজরি।
শারাক ফরবা
হৌদোঙ ময়াম অমনা,
উচি মচাশিংবু ফাগদবগী লুমলি।
শেঞ্জাউ পায়বা পুককৃংবনা
দ্রোহইং রুমদা শেল মশিং থীরি ।
মতমগী ইরাং পামজবশিংতুনা।
লমসিগী ফজবা য়েংননবা
বন্দ মুমিত্তা থোক্লরকলি।

## ছায়জিনবা নত্তে

মী ছায়বসে,
শা মখল অমনি
মীনা শা ওইরমত্রবদি,
মুক্সবা-হুংশিন্দবা শীংনবা
পোৎলম অল্লমসি লৈরমলোই ।

## ৩৭ থোং নম্বোনবী

## শুৎ-শাৎ

লোলনা ইমানি,
ঈয়েকনা ইপানি;
ঐখোয় পুন্নমক, ইমা অমত্তগী মচানি
খোন তাবা মথৈ লাউরম্বশিংহ্না
চেক্তা-চেকশিল্লকলগা
হঙোই মরিল শুৎ-শাৎ,
শেন্দাং লাকই ফ্রং।

## অনৌবা পাউ

নোং হেক ঙানবগা
লমজাউ থোক্লুনা ঙাইনৈ
অনৌবা পাউ,
অনৌবা থৌদোক-ব্রাথোক্ খঙনিংবনা।
শ্বর থবেৎ হোন্দুনা
হোকরনা খবর পুরকই।
ঙাইরম্বা ময়াম্ ওমশিন্নৈ
অতৈদি খঙদে,
পাউতদি মরিক চুম্মী।
চাউখৎ-থৌরাংগী, শান্ন-খোৎনবগী
হুন্নবা, ককৃথৎনবগী পাউ শুন্নবা য়াউই।
খ্বাইদগী নৌবা, চৎনরিবা পাউশিংগী মরক্তা
মতম অমদা ওকলমদবা,
নীশা চারম্বা ময়াম্
অমুক তৌজররোই হায়দুনা
খবরগী থোঙদা শেঙদোক্লরলি।

৩৯ থোং নম্বোনবী

## মাগী মীৎয়েংদু

মুংশিবা হায়বদু
মাগী মীৎয়েংদুদা ওইরমাল্লে
শুকতুনতা লৈবা ঐসে
নোংমতুদি নোকচখি ।
অতুসু থম্মোয়মুংতদা নোকচবনি
মায়থোংনদি অতুনক শুকলমগদবা মাল্লি ।
ফিসরিজ ডিপার্টমেন্টকী
পুখ্রিদা য়োক্লিবী কন্দলা, রৌ, মিরগল
ময়াম অতুগী মরক্তা
ঐনা উখি মৈতৈ উকাবী ।
নীংথোল চাককোবগী ওা লৈবা লাকখিবশিংতুনা
খোয়দাবীদে-থৌশাবীদে, খন্দোক্তুনা থম্বীখি ।
ঈশিংদা চেম্না-চোংনা শান্নজরম্বা মহাকসে
পুখৎপিরকলে কংফান্দা, ওসিদি
অতুগা অমুক মুরুম-মুরুম্ শোন্নবীরি ।
ঐনদি থাজখি,
তমথিবা য়েক্নবশিংদগী মশা ঙাক্থোকচনবা
মচী-মশোং পানজবনি
কনাবুসু মানা থৌশারুদে ।
অতুবু, য়ূখিদবদি নত্তে
থৌরবা মাগী অতূম্বা মচীতুনা

খঙ্‌জদবা থরায় পানবা অমদা।
অরুম্‌-অয়াংগী ফলা পায়রুবনা
খাওখি চৈনাহু থাদোক্‌পা য়াদনা
মী হায়বসে অঙক্‌পনি
কলক্‌পদগী নোক্লবস্থু য়াউদবা নত্তে
মীরা-তোক্‌ঙা— ।
ঐতদি তানিংখিদে হুন্নরিবা মমলহু
মতুংদা ঙাংনবসে হৈনদে,
ঐনা পাম্লিবস্থু মচুহু নত্তে, মগাউহুস্থু নত্তে
মীৎয়েংহুনি;
মীৎয়েংহুগা লোয়নরিবা মুংশিবা।
কয়ারক উখ্রে মীৎয়েংহু
নোংজুথাদা, য়েন্নিংথাদা, নীংথম্‌ থাদা।
মীৎয়েংহুগী রাহনথোক্‌
খঙখিদে খাউজাও পায়রক্‌পা
ঙা-লৈবা লাকখিবা
কৈথেল কারক্‌পশিংহুনা।
পুক্লিংসিদা চিংনবা ফাউরক্‌লে
খঙহৌদনা হোংখ্রগনি পুখ্রিসিদগী
মাঙখ্রগনি মীৎয়েংহু মনিল ওইনা
খোংলৈ খর থীনখিবনা
য়োকচবা ঙমখিদে ঐগী পুখ্রিমচাদা।
হয়েংমুক মপোক হায়হুনা লৈরগদি,

ঐগী পুথ্রি মচা অপিশক্
য়োক্চগে মাবু থম্জগে।
নুংশিবা মিৎয়েংদু মোমোন নোক্পা
য়েংদুনা পুন্সি লেঞ্জগে।
খঙবিদবা নুংশিবসে অল্লাবনি
শুপ্নগী ব্রাহ্মে অমত্তুং
খোনজেন থোকনা তানিংখি,
শাংলবা চহি কয়াগী মতমসে
হৌখি খঙনদনা লোয়শিনখি।
পুথ্রিদুগী অকোয়বদা তিল্লি
খাউজাও পায়বা ফিঙৌশেংপা ময়াম্না।
কবিমত্তা মোং-হাদনা
মোমোন নোক, তরেৎলক কোয়না ইরোয়বমলগা,
চুপ্ লুপখি পুন্সিগী ইরোম্নুংদা।
য়েংলুখি অরোয়বা মীৎয়েং ঐনা
হল্লকখি অমম্বদুদা ইথন্তা অঙাওবগুম্।
নীংশিংলকখি থৌদোক কয়া মাংলমচৎকি
পাঙদবা, থৌনা লৈতবা, কিগনবা
খল্লুবগা নোকথোকলুই হৌনা
মিৎতি পিনা থুমহৎখি।

## মতম্গী মুংশিং

ইচাশা,
শেলথোবা লাকই লৈতে হায়রু
ভোটথোম্বা লাকই পৈশা লৌহৌ
লৈপাকমচাশা,
ওঝা লাকই ফান থাউ
অঙম্বা লাকই লম্বী ফাংলু।
ইমা-ইবেলশিং,
পোংকি মমল অরেপপা লৈত্রে
কংঙৌ মমল হেনগৎহোরো।

৪৩ থোং নম্বোনবী

## "ক" গী ইমুং-মনুং

কৈদৌঙৈ ?
কদায়দা ?
করিবু ?
কনানা ?
কয়াম্না ?
কদায়দা ?
করম্না ?
করিগী ?
কৈদোক্লবা ?

## অঙম্বগী কা

টেবল মথক্ অত্নুদা
ভাংশং ভাংই, শংত্রিক্ শংই
মুশিন মুই, লংত্রিক্ লংই।
ত্রিং-ত্রিং...... ।
হল্লো, কনা ওইরবনো...... ।
পুং কয়াদনো...... ।
মফম্ কদায়দনো...... ।
সিয়োর...সিয়োর...... ।
হা...হা...হা...... ।
থমজরগে...... ।
ক্রোক.. ক্রোক্...... ।

## চাউখ্রৎলক্পা

মী অমা মাঙখ্রে
ষণবী অমা হল্লকত্রে।
থাউ অমা তারম্লে
সাইকল অমা লাকখ্রে।
লুহোংকমদগী খোংউপ্ লৌখ্রে।
সনা রায়খ্রগা থমদোক্পীরমলে।

## মাইনৌবীদু শকহেনবীদু

পুং তরেং তাখ্রে
থোঙ হাঙ্‌দোকউ থোঙশঙবা
লৈপাক্কী মপু উম্নগে।
"সাহেব লেঙখৎত্রি।
সাহেব বাদরুম্ চঙ্‌খ্রি।
সাহেব ব্রেকফাষ্ট চৌরি।"
হৈ-শিংনা খুমলকৃই থোঙ্‌শঙবা
মীদি য়াম্না হেনগৎলকই
উম্নবদি অমত্তা চঙহনখিদে।
খোইখা শেৎপী মৌনহা অমনা
থেঙনা লাকখি কপ্-কপ্,
হান্না হায়রম্বা খঙনবারা খঙদে
থোঙশঙবনা চঙহনখি।
মরৈ কোম্লপা হায়বা তাখি, "তাইবুংঙো"
গাড়ী থোদোকলকই, টুর প্রোগ্রাম...
চান্দেলদা, মোইরাংদা, সেকমাইদা।
লোয়নখি মাইনৌবী শকৃহেনবী
কোম্থোংদা খোংলম্মী হোরোল পোৎ-পোৎ...।

## কান্টেম্‌পোরেরি

চা গ্লাস অমনা
পুং অহুম হোটেলদা ফমতুনা
মীগী মরমদা হুন্দুনা
মাঙ্গোলজাউ ময়াম অমা
মীরা ঙাংনরি ।
ময়াম মরক্‌ অতুদগী
মাঙ্গোলজাউ অমা হৌগতুনা চৎখি,
লৈহৌরিবা মাঙ্গোলজাউ ময়ামতুনা
মাঙ্গোলজাউতুগী মরমদা
ঙাংনবা অমুক্‌ হৌরকই ।

## ডিসক্রেসম্নরি

লুপা লিশিং য়াঙথৈ চঙবা
ষ্টৈটকী ফঙসন অমদা,
ময়াই তাঙবল লৌবীথিবনা
লাউথোক্পীরমখি মুংশিনা।
ঐগী ডিসক্রেসম্নরি ফন্দগী
সংস্থান অসিদা লুপা চাম্মাঙা
থম্মোয় শেঙনা পীজরি।

## মতম্ শাংনা ঙাংজরোই

মী লিশিং তিনবা
অচৌবা মীটিং অমদা
শরুাইবা অমনা হায়রক্খি,
"ঐহাক, মতম শাংনা ঙাংজরোই"।
মিনিট নিফুমঙা হৌখ্রবা মতুংদা
মিটিং শিল্লিবতুনা চে অমদা ইতুনা পীশিনখি
চেদু হায়ফেৎ য়েংলগা হায়রকই,
"ঐহাক মতম্ শাংনা ঙাংজরোই"।

## নীংশিংলুবদা

অঙাং ওইরিঙৈ নীংশিংলকই,
মুমিদাংরায়গী মতমদা
ইমানা ´কৌবা তাদনা
লম্পাক অতুদা শান্নখিবা-।
নহা ওইরিঙৈ মুংশিরকই
অমাং-অতোং খঙদনা
অপাম-মুংশি তোর্ব্বান্দা
ঙাইখিবা মাতবু ইথস্তা ।
ফঙলরোই অমুক লাকলরোই
হৌখিনি অস্থম চংখিনি,
বাখল মমি শামলক্লে
নীংশিংবতমক্ ঙায়হৌরগনি।

## হিংচাবীগী রাশক্

হকচাংদা শিংলি থোকখৈ
য়েনবা লাবত্থনা খোংলম্মী
কে-ক্রেক-কে-মোমো
য়াংগে শাম্বা শাউ শাউ।
য়ুমথোং খুদিং মৈ ঙালহনগনি
টৌটি ঈশিং ফংহনগনি
লাইরবা লায়না নাহল্লোই।
ওসিদি, পাংনা-পাংনা মমিং তাঙলে
তানা-তানা মনা পঙলে।
মুংশিরবা থাউমৈগী মৈরিদা
কৈথেল লাইরেম্বীনা কপ্লি।
লুকমাই পানবীশিংনা চৈরকলি
হা-উরিং নাপঙ্বী,
নমানা কৌই খুমদবী
নপানা কৌই তাদবী।
য়েন্দেম্বী চমফুৎ,
হরাইমংগল গ্রৌ।

## ফিলম ঈশৈ

নোংমাইজিং নুমিৎকি
তাবিনিংবা ফিলম ঈশৈতুনি
লৈশাবী মকক্ ময়াম্না অতুনা
তাগদবগী ঙাইনরমলিবতু।
ঈশৈতুগী রাহৈগী আর্থ
সুর-তাল লয়গী ফজবা
থোইনা নৈনদে তানদে,
অমখক্ য়াওবম্বতুদনি পেঞ্জরিবা
"মৈনে পিয়ার কিয়া"
"দিল হে কি মানতা নহিন"
য়ুমগী অহলতুনা তাজনিংনা
খর খজিক লৈখৎচকই
নট ঈশৈ, মোইরাং কংলৈরোল,
পুং মুৎথৎপিখি ইরাং চেনবী মশুন্নুপীতুনা।
হায়জবসু ঙমদা তঙক্-তঙক্
তাজনিংবা কয়া অহলশিংনা
ফিলমগী ঈশৈশিংনা লাউহংপিখি।
চয়েৎনবা পোত্থাফম্ খঙদবা
মচু থোক্তবা মরক অতুদা
টেলিভিজনগী চিত্রহারনা রায়েল্লবি।

# অনৌবা চহি লাক্লগা

অনৌবা চহিনা লাক্লগা
অরিবা রাখল থাদোকলগনি
অনৌবা চরৈ হোংলগনি
হরাউনরি তাইবঙ থরায় পানবশিংনা।
ঐদি কপচরি
চহি অমা হাপকৎলগা
হিংবগী চহি অমা ককথিবগীদমক্।
অনৌবা চহি নহাক লাকখিন্নু
নংনা ঙম্মা থুংলরগা
ঙরাংগী পুন্সিনা
হয়েংগী পুন্সিগীদমক্ মুংনাংজরি,
ঐহাক্ হিংনিংলি অস্তুম্না
অনৌবা চহিগী রাবু নীংশিংদনা।
লাকখিন্নু নহাক থুংলখিন্নু
উৎলখিন্নু অনৌবা নশক্
য়েংজখিগে অরিবা মাবু
শাম্নজখিগে ঙরাংগী লম্পাক্তা
ঙরাংগী পুন্সিশিংগা লোয়ননা।

## ঐসে ঐ ওইদ্রেদকো

কুমলায়নানা নারবা
হৌগৎ-কাংথৎ শুমত্রবা
অনাবত্থ মথন্তা ফমলমখি।
ময়াম্না পংহায়দা হায়নৈ
ঐদি শুকথা থাজদে,
হাওই, থুম্মী, শিল্লি
ফজে নীংথিজে পেল্লি।
ইতৈমত্থ থুকে অমনি
তাদা অসিনা কোক্কা মোনগা তাইনথিবা
মরেক্ য়াওরকত্রবা
মপাঙ্গল শোম্থখিবদগী হোংলকখিবনি।
হিংনবগীদমক পুরিত্থনা য়েংলুই
খর য়ামলকপগুম্ তৌই
য়েন্নত্থনা য়েংঙি য়াওদে
খায়দোকই কান্নবা ফঙদে
তিনশিন্দুনা য়েংলকান্দা ফল তারকই।
য়াখলনা নম্থরবা
পাঙ্গল থোক্পা ঙমত্রবা তাদত্থ
ইতৈমত্থনা লংথোকলমলগা
অনৌবা পুন্সি লৈপুন অমা শেমখ্রে হায়নৈ।
থাজদবা হায়বসি থাজবা কৈ

মুম্না য়েংলগদি মীওইবসি
শক্ক ঙাক্তনি তুকংচশ্রবা
ইতৈমতু থর পেঞ্জরমালে
মরেক্ থোকলে, কুচু পাল্লে
নহালখৈ মক্শিল্লমলিবসিদি
মরম অমা লৈরমলে।
কোইহুম-হুম, কোয়ফাক্-ফাক্
কোইথি থিরকান্দা থেংনখি
হকচাং কন্দ্রবস্থ ব্লাখনদি
থম্-থেংনা খনবা জাংনি তাদাহু।
মথা চিকপা মথৈ খাংলগা—
শৌবোই-কবিবোই ফকলাংদা থেৎলিবা
লৈকাং চারবা লুহোংবগী ফোটোদা য়েংখৎলকই,
মমিত্তা মথং-মথং উরক্ই
লুহোংবগী অহিং,
ইকায়না লোংখিবা মায়থোং,
নাশোন পীকনা হায়খিবা ব্লা—।
খুইরবা পামবোমদা য়েংজবগা
মখোন থোকনা হায়খিমাল্লে
"ঐসে ঐ ওইদ্রেদকো।"

## কৈথেল কাণ্ড

নত্তে মাদি অত্থুত্তৈগী
ঙাংখা লৈমগী অউন-ষণ
ইকোপ্ পাস্তা চাকতাবা
ঙাংবা নিংথি পামহৈবা
লাইগী শাইওন ওইবত্থু।
নুপী কৈথেলবু ঙাকচবা
চানিংবদা থম্মোয়শেংনা নীজবা
মীগী মখা থাববু ৱারৌবা
নীংতমবা পামজবা
মানি ষণ কৈথেল কাওনি হায়নবা।
তাইবং মীরোল থোকত্ররস্থু
নোমহৌবা মাগী শাজৎনা
পাউজেল অমা চেনবগুমলি,
খেন্নবা লৈতবা, নীংতম্বা পুন্সি।
অত্থুবু শাওই,
মুংঙাইবা হৈতবা মীনাইগী পুন্সি।
গাড়ি ষন পোৎপ, উরগা
মপী তানা কপ্ই
অরংবা মমিৎ অনিত্থুনা
শাওনা য়েংঙি থরায়পানুবশিংত্থুদা।



ঐহাক্তি,

পুক্নিংগী নিংঙাইদা খাঙবা ঙমদে

ফুক্-ফুক্ হৌগংলি

অঙাওবগী মতৌগুম্

মুরুম মুরুম শোল্লি

মখোনথোক্লগাস্তু নোকপা য়াওথি—।

কায়নবগী অল্লাব,

থুংনবগী মুংঙাইবা

মরক্কী ক্নুংনাংবা কয়ানা;

ইথি থম্মোয়দা ফাওবকপা

পুক্নিংগী খ্রাথল কয়া—।

অতৈদি খঙদে,

করিগুম্বা থরা ফোঙদোকপা ঙমবসে

মসিমুক পেনবা লৈত্রে।

অইবা